


# শরিৎ-শারা

## ( খুৎ নামগী শরুক )

কংলৈনাং সিন্নম শংলেনগী

থা ৬ কী চেফোং

১বা চেফোং 1st Feb. 1986 Regd 2158/77



# ৱাহৈ থৱদং

"শৱিং-শারা হায়বা মহৈ অসি ঐখোয় মীহোৱোন্দগী হোৌনা লোয়ননা অতুম্মক লাক্লবনি। মীওইবনা চাওখত্রিবগী চৌংথুং-মাহুং, লৈকুং-লৈরায়নচিংবদা মী থৱনা শেমবা কাংলুপ মচা-মচা নাইনা লৈদুনা কাংলুপ অমগা অমগা উতুপ-ৱাতুপ্না অমদি হকচাংগা হকচাংগা শাগোয়দুনা লান শোক্লখিবা মতমদুগী হোৌনা শৱিং-শারাগী মহৈনা লানগী ওইনা শিজিন্নদুনা লাক্লবনি। মতৌ অসুম্না ঐখোয়না য়াম্না চাওখত্রিবগী মতমদগী হোৌনা শিজিন্নরকপা অসি নোংময়-নোংময়গী মীওইবনা চাউথংলকপগা ইরোইননা মহৈসিংস্তু অরেপ্পা নাইদনা চাউথংলকখি। নিংথৌ পাল্লক্লবা মতমদা শা-লানগী মহৈ মশিং মথল-মথল থোক্লকপগা লোয়ননা শৱিং-শারাগীসু মথল-মথেল কয়ামরুম থোক্লকখি। অসুম্না নোংময়-নোংময়গী চাউথংলকপসি ইনিংখৌ থাগেম্বা সা হাক্তভদি অঙকপা কংনা চাউথংলম্মী লোয়ননা মপান লৈপাক্কী মীওইশিংগা হেন্না শয়রকপগা লোয়ননা মপানগী মীওইশিংনসু শকথঙলবা মহৈ অমা ওইখি। হতাং অসিদা ওজাশিংনা হায়নবা অমসু লৈ মতুদি, মহৈ অসি মপানগী মীওইশিংনা ফিদম লৌনয়মগত্রা হায়বা অসিনি। মতমদুদা শৱিং-শারাগী ওইবা থোং-কাংজেগী মশায়া অমসু থোক্লকখি। হায়রিবা মশায়সি মণিপুরনা চহি ৭ খুম্তাকখিবগা লোয়ননা অতুম্মক থাদোক্লখ্রে। নোংমৈগী খুৎলায়না নোংময়-নোংময়গী চাউথংলকপগা লোয়ননা মহৈ অসি মরায় চায়থরকখি। অমুক্কা বৃটিশনা থিংখিবদগীদি মহৈ অসি মরায় চায়থরকখি। অমুক্কা বৃটিশনা থিংখিবদগী মহৈ অসি পুমশি শিথখি। ইংশোক ১৯৩৪ দা ওজাশিংনা নৌনা অমুক মহৈ অসি হিংগৎনবা লাইরিক ফোংবগা লোয়ননা নহারোনশিংদা তম্বিবা হোৌরকখি। মতুংসু মালেমগী অনিগুবা লাঞ্জাওগী মতুংদগীদি থাদোক্লখিদুনা মাঙথরক্লবা মহৈ অসিবু নৌনা অমুক য়োকথংদুনা মালেমদা ঐখোয়গী মহৈরোয়শিংবু পুথোকপদা মতেং থৱদং ওইগত্রা হায়দুনা "কংলৈ নাৎ সিন্দম শংলেন"না থা ৬/৬ কী ওইবা শৱিং-শারাগী চেক্কোং অসি পুথোকচবনি।

ইম্ফাল,
তাং ৪।২।৮৬ ইং

কংলৈ নাৎ সিন্দম শংলেন
কোংপান চানম লৈকাই, ইম্ফাল

## মথক্কী য়েংকী কারন্দা খুজেং পায়বা



মহাকী য়েংকী খুজেংদা মহাকী মথুং য়েংনা মস্তক্কী কারন্দা পারবক্লিবা অদু মাহোত্রবগীদমক্তা নহাক্না মতম পুম্নমক্তা ঐহাক্না তাকলকপা ডাইরগা শেম-শাহনা লৈয়ু।




নহাক্কী নখুৎ য়েৎকী খুজেংদা মহাক্কী মখুৎ য়েৎনা ওয়মথৈ কম্না পায়শিল্লগা থম্লিবা অহু নাম্বোক্কুবগীদমক্তা ঐহাক্না তাকপা নহাক্না ওাই-ছুনা লৈরিবা অহু হৌজিক নহাক্না তৌগদবা হায়ববু নহাক্কী নখোং য়েৎ অহু মহাক্কী মমাংদা থাংজিল্লু। থাংজিনবগা চপ মান্ননা মহাক্ন পায়রিবা নখুৎ অহুগী খুনিং মপা য়োনা নখুৎ অহু নশাগী য়েৎকী নাকল্লোমদা লৈখো।




হুন্দমুকী অরোইবা লৌ অসিদনা মহাক্না ঙসাই মথকী থংনবা লৌদা মহাকী নখোং য়েংনা মহাকী মমাংদা থাংজিনবগা চপ মান্না মখুং লৈথরগা লৈখিবা মখুং অতুগী খুনিং অতুনা পায়রক্লিবা মহাকী মখুং অতুগী মথাদা য়েংকী লেং মাউনা থংলৈ লৈশিন্নু শোয়দনা নাম্বোকনি।

## খুনমদা নাকন পায়বা




মহাকী খুৎশা মঙামর্ক তিংথোক্লিডৈদা মহাক্না খুনমলোমদগী পুক্নগ পাযাশিনগ্রিবা অহু কম্রি তৌরকদৌরিবনো মুগ্না য়েংলগা য়াম্না চেকশিন্না লৈয়ু।




নহাকী খুনয়া। মহাক্কা পায়থিবা অহু হৌজিক্তি নশারোমদা থংথেব থেকথরক্লে। থেকথরক্লিবা অহু থাঙবা অমসুং মুকউবনচিংবা করিমত্ত তৌরুহু। থেকথরক্লিবা অতুগী মতুং ইমা নশা অহু খজিক্তং পাকথরপ তৌরগা মথংগী লৌ চংনবা থেকথরক্লিবা অহু অহুম্মক মাহুনা লৈগদবনি।




নহাক্কী নখুং ওই অহু মহাক্না থেকথরক্কপদা খাঙবা অনম্বুং মূকউবা তৌদনা অহুম্মক য়াম্নগা নশা পাকথরপ তৌনা লৈখিবা হুন্দকমূক্কী মথংগী লো অসিদনা মহাক্কী নখোং ওই অহু মহাক্কী য়েংকী নাকন্দা খাংজিল্লু। খাংজিনবগা চপ মাম্নমা মহাক্না থেকথরক্লিবা অহুগী মাইকৈদা ঈরোইনবা নখুং ওইগী থুনিং অহুনা পায়রক্লিবা মখুং য়েং অহুগী মপাম্বোম অহুগী মথাদা মপা চুম্মা থেকংলু।




নহাক্কী নখোং ওইনা মহাক্কী য়েৎকী নাকন্দা থাংজিল্লগা মহাক্কী মপাম্বোম মথাদা চুম্না নখুৎ থেক্কৎলগা লৈখিন্না অতুগী মথং তারক্কদবা লৌদি ঙসাই নহাক্না নখোং থাংজিনবগা চপ মান্নবা নখুৎ থেক্কৎখিবা অতুগা ঈরোয়নবা হায়বদি অপনবা লৈতনা নশা অতু মহাক্না ওল্লিবা মায়ওন্দা নশাগী য়েৎলোমদা থংলৈ লৈশিল্লগা নপাম্বোম অমস্তুং নখুৎ অতু চপ তিংথোকউ। অতুগা নখুৎ য়েৎ অতু মথংগী লৌ মখা তাথনবা থৌরাং ত্তৌ। নশা লৈশিল্লগা নখুৎ থেকচিনবদা খুজেংগী তাং অতু মুকপা, লৈথায়বনচিংবা করিগুম্বা অকনবা চৈথেং অমত্তা ফাউহল্লোইদবনি। মাংনা অমস্তুং মেম্না থেকথরকপগী মতুং ইন্না নহাক্না হেন্না পাকথরগা নখুৎ অতু মথাদা চুম্না থংহায় হায়থরগা খুনিংনা মপাম্বোম মপা চুম্না থংথেক থেক্কৎলগা নশা অতু থংলৈ লৈশিনবা হায়বা অসি থক কাউরোক্টদবনি।




নখোয় অনিমক মাইওন তন্নত্তদা চপ মান্ননা ওনমিন্নবগা নপাম্বোম অমত্তুং নখুৎ চপ তিংখোক্লগা নখুৎ য়েৎনা লৌ মখা তাধনবা থোমাং তোথিবা অহু মখংশিংনা নহাক্কী নখুৎ য়েৎকী খুবিনা নংঙোন্দা পায়-ক্লবা মহাক্কী মখুৎ য়েৎ অহুগী খুবাক ময়াইগী অকুৎপা অহুদা তাহল্লু। অহুগা খুৎশা মখিমক্কা থুংনমলোমদা পাল্লু।



6

মহাক্না থংনবা মথক্কী লোন্দা পায়রক্লিবা মহাক্কী মখুৎ য়েৎকী খুবাক ময়াইদা নহাক্কী নখুৎ য়েৎকী খুবীনা তাহল্লগা খুৎশা ৪ (মন্নি) মক্লা খুনমলোমদা পায়রগা লৈখিবা অহু হুন্দকমুক্তি পায়খিবা অহুগা ঈরোয়ননা য়েৎকী নাকনগী মথকলোমদা থংলৈ লৈখৎলু। লৈখৎপগা চপ্ মান্ননা নহাক্কী নথোং ওই অহু তুংওইননা থাংদোকউ।



7

ঙসাই নহাক্না মহাক্কী নখুং য়েং লৈখৎখিবা অত্থু হন্দকমুক্না অমুক্না হেন্না কন্না লৈথংলু। মতম অত্থুদা মহাক খাংবা ঙমদত্থুনা মশা লৈশিল-লক্তুনা নংঙোল্লোমদা শোয়দনা মত্তুং ওনশিল্লকনি। মতাং অত্থুদা নহাক্না মুন্না খংগদবা হায়ববু নংঙোন্দা মতুং ওনশিল্লক্লি্রবা ফাউবা মখুং অত্থু লৈবা লেপ্নোইদবনি।



মহাক্কী মখুৎ অতু নহাক্না হেন্না হেন্না লৈখায়ধদগী খাংব ঙম্মক্তুনা মশা লৈশিল্লগা নংঙোল্লোমদা মতুং ওনশিন্দুনা লৈখিবা অত্থ হন্দকমুক্না অমুক হেন্না মখুৎ অতু লৈ.খায়যু। ম‌ঃম অতুদা মহাক্কী মখুৎ অত্থ পুমতেক তেক্কনি। মরম অসিনা খাংবা ঙম্মক্তুবদগী মশা অতু থেক-তোক্লক্তুনা শোয়দনা নংঙোল্লোমদা অরোইবা ওইনা লোংখোক্লক্কনি। হায়রিবা মহাক্কী অরোইবা ফিভম অসি তাদ্রিফাউবা ঙস্বমথৈ কন্না লৈগদবনি।



9

মহাক্কী মখুৎ অদু নহাক্না অয়োইবা চাংদা লৈথাম্বদগী থাগবা ওন্থক্তুনা নংঙোল্লোমদা নতুং ওনশিল্লগা মশা অদু লোংনা নংঙোল্লোমদা থেকথরক্তুনা লৈথিবা অদু হৌজিক্তি নংঙোন্দা করি অমত্তা তৌরকপা ঙম্বগী মপাঙ্গল অমত্তা লৈত্রবনি। অদুনা নহাক্না তৌনিংবস্তা তৌবা য়ারে। মরম অসিনা মাঙোন্দা পায়রিবা নখুৎ 'য়ুৎ অদু শৎলগা মহাক্কী লুমাংগী মশমদা পায়রগা চিংথদুনা মশা অদু লোংনা থেকথো। মথং-শিংনা পায়রিবা নখুৎ ওই অদুম্তু শৎলগা মমিৎ, মনাতোন, মন্না, মখৌরি, হায়রিবা মফমশিং অসিগী মনুংদা ফুনিংবা অমা কুবা য়ারে।

## মখাদা খুজেংদা য়েংকি কারন পায়বা




মহাক্কী নখুং য়েংকি খুজেংদা মহাক্কী মখুং য়েংনা কারন পায়রক্লগা থংহৌদনা উপনা লৈথোয়খ্রিবা অতু য়াম্না হেন্না লৈথায়খিদনবা থাংঙু । অদুগা মহাকপু মাইথিবা পীনবগীদমক্তা লৌ চংনবা খোরাং তৌহনা লৈয়ু ।




নহাক্না মাঙোন্দা লৌ চংনবগী থৌরাং তৌহ্না লৈথিবা অতু নথোং য়েংনা মাঙোনলোমদা নিংহন্ননা থজিক্তুং থাংজিল্লু। থাংজিনবগা লোযননা নখুৎ য়েৎ অতুদা নশাগী অরুম্বা অমস্তুং নপাঙ্গল লোইনা পীশিল্লগা নখুৎ, লেং অমস্তুং নীং অহুম্মক চপ মান্নন। নমথরগা নশাবোমদা নখুৎ চিংশিল্লগা নত্রগা নশা চংশিল্লগা নখুং থেকচিনবগা লোয়ননা নশাগী য়েংলোমদা খুনিং লৈথরকউ। অদুগা মাঙোল্লোমদা নশা অতু মাইয়োক্ননা লৈশিল্লু। তৌইগুম্বস্তুং নংঙোন্দা পায়রক্লিবা মখুৎ অতুগী খুজেংদা পায়নবা তৌ। নখুং ওইনশু মাপী খুনিংদা পায়নবা তৌ।




নহাক্না মথক্কী লোৌদা মহাক্কী খুজেং অমস্থং খুনিংদা পায়নবা তৌখিবা অদু হন্দকমুক চংশরক্কদৌরিবা লৌগী মতুংইন্না ঙম্বমথৈ য়ান্না চেংনা পায়শিল্লো। পায়শিনবগা চপ মান্নন নশা অদু অমুক্কা ছেন্না নশাগী য়েংলোমদা লৈশিল্লক্লগা মহাক্কী খুনিং অদু লৈথরগা থুদেক্কবা তৌ।




মহাক্কী থুনিং অতু নহাক্না লৈথরগা মথুং থুদেক্কবা তৌখিবা অতু হন্দক্কী অরোইবা লৌ অসিদা তৌগদবা হায়ববু ঙম্মথৈ য়াম্না কন্না নপাঙ্গল অয়েবা থাহুনা থংলৈ লৈথো। লৈথবগা চপ মান্না নশাগী য়েংলোমদা নশা অতু পুমলৈ লৈশিল্লক্কুনা য়াম্না নেমথনা মথুং অতু থুদেকউ। মতাং অসিদদি নহাক্না ফুনিংবা মওংদা ফুবা য়ারে।

## মথাঙ্গা খুজেংদা য়েৎকি কাব্বন পায়বা




নহাক্কী নখুৎ য়েৎকী খুজেংদা মহাক্কী মখুৎ য়েৎনা কাব্বন পায়রক্লগা খংহৌদনা লোংনা লৈখায়গ্রিবা অহু য়াম্না হেন্না লৈখায়খিদনবা থাংগু। অতুগা মহাকপু মায়থিবা পীনবগীদমক্তা লৌ চংনবা থোৱাং তৌতুনা লৈয়ু।




নহাক্কী খুজেংদা মহাক্লা খংহৌদনঃ লৈখায়গ্রিবা অহু হনদোকউবা তৌদনা অহানবদা মহাক্লা লৈখায়গ্রিবা শরুক অতুদগীদী হেন্না লৈখায়খিদনবা থাংতুনা লৈখিবা অহু পায়রক্লিবা মহাক্কী মখুৎ য়েং অতুগী য়েংকী নাকন্দা নহাক্কী খুনিং অহু কৈরপনা থেকচিল্লু। লোয়ননা ওইগী লেং অহু মাঙোল্লোমদা লৈশিল্লগা নশা চেপনা লৈরগা নখুৎ ওইগী খুংনিংনা মখোরিদা থিল্লবা থৌরাং তৌ। অহুগা নখোং ওই অতুনা মহাক্কী য়েংকী নাকন্দা মতুং ওইরপনা থাংজিল্লু।




মহাক্না মখুৎ য়েংক্নী খুনিং কৈন্নপনা থেকচিল্লগা লৈখিবা অতু হেন্না থেকচিল্লক্কুনা নংগী খুনিংনা মহাক্নী খুবোমদা কন্না পালহল্লু। মতম অতুদা পায়রম্বা মখুৎ অতু শোয়দনা নাম্থোক্কনি। নখুৎ অতু থেকচিনবগা চপ মান্ননা নখুৎ ওইগী খুনিংনা মথৌন্নিদা থিন্নবা থৌন্নাং তৌখিবা অতু হাইগৎলক্লগা মথৌন্নি মপাদা থম্মু।



মহাক্কী মখোং য়েংকী নাকন্দা মতুং ওইরপনা থাংজিনখিবা মখোং ওই অতুনা মহাক্কী মখোং য়েং অতু থৎলগা থুকউ অতুনা মকমলাক্তা থংফু কু। মতম অতুদা মকমলাক অতু থংথেক থেকচিল্লকুনা মশা অতু খরা লেংলপ তৌরকনি। তাঙ্গা অহুদা থংহৌদনা থুনা মখোয়দা থিল্লবা হাইগৎলগা লৈখিবা নখুৎ ওইগী খুনিং অতুনা মখোয়রি চরমদা থিল্লু। লোয়ননা য়েংকী কিল্লা মরা মনাতোন মমিৎনচিংবদা থিল্লু।




নহাকী নশমদা মহাকী মখুৎ য়েৎনা ওম্বমখৈ কন্না পায়শিন্নগাঁথিন্নবা অহু, নশাগী হান্না লেপ্লিবা ফিরেপ অহু শুকায় কান্নদনা অহুম্মক লেপ্লগা মান্না চেকশিন্না লৈয়ু।




নহাক্কী নশমদা পায়রকপা মতমদা চেকশিন্না লৈখিবা অতু হৌজিক্তি হেক পায়রকপগা খুদক্তা য়াম্না থুনা নখুৎ ওইনা খুত্তুম তারগা পায়রক্লিবা মখুৎ অদুগী খুজেং মখাদা নহাক্কী খুদাংগী ময়াই চানা তাহল্লগা নরাইবক শোক্লা কৈনা থম্মু। অদুগা নখুৎ য়েংকী খুনিংগী তাং মপা চানা মখাদগী মথকলোমদা লোনথংলকউ। নখুৎ ওইনা মাগী খুজেং মখাদা হাইগং-লকপগা নখুৎ য়েংনা লোনথংলকপগা থোংহৌ অমুক্তদা চপ মান্নৱা নখোং ওই অতু মাগী য়েংকী নাকন্দা থাংজিল্লু।




নহাক্না অনিশুবা লৌগী খোংজংদা মহাক্কী মখুৎ য়েংকী থুনিংগী তাং মপাদা মখাঙগী মথকলোমদা লোনখংখিবা নখুৎ য়েং অত্নুনা নশা পুশিল্ল-ক্লগা ( থেকচিল্লক্লগা ) খুৎশা মঙামক পুল্লপ্না মথকলোমদা হাইগৎলক্লগা নখুৎ ওইগী খুত্তুম অত্নুদা খুনমনা নংঙোল্লোমদা ওনশিল্লগা পায়শিল্লু।




হন্দকমুক্তি নহাক্কী লৌগী অরোইবা খোংজংনি। মরম অসিনা নহাক্না ঙসাই নখুৎ য়েৎনা ওইগী খুত্তুমদা পায়শিনখিবা অতু নহাক্কী য়েৎকী নাকল্লোমদা বখুৎ য়েৎ অতু ওইস্নু য়াওনা চপ মান্ননা থেকথো। থেকথবা মতমদা নকোকশু য়াওনা ইনশিনগদবনি। মতম অতুদা নহাক্কী ওইগী খুজেংগী তাং অতু কোলহল্লোইদবনি। ঙম্বমখৈ কন্না চপ তিংহনগদবনি। অতুগা মহাক্কী থেকথরিবা মখুৎ অতু তিংথোকখিদনবা নহাক্কী ওইগী লেং অতু নশা য়াওনা মাঙোল্লোমদা ইনশিনবগা লোয়ননা ওইগী খুনিং অতু[illegible] মাঙোল্লোমদা ইনশি[illegible]। মতম অতুদা মহাক্কী মখুৎ অতু [illegible] নিংথাই লৈতনা পুমতেক [illegible]নি।

লোইরবা।



কংলৈনাৎ সিন্দম শংলেম্না কোংপ্রবা
লাইরিকশিং

১। শরিৎ-শারা ১বা শরুক

২। মীহাৎ-মীকন ১বা শরুক

কোংলক্কদবা লাইরিকশিং

১। মীহাৎ-মীকন ২শুবা শরুক

২। শরিৎ-শারা ,, ,,

৩। মীফা-মীপুন

---



